# লৈখল খরা

## কস্চবা

য়াম্লুং ইবুংঙো রামান্দা
কচ্চরি নখুয়া থম্বালদা
ননাওগী "লৈখল খরা"
লোশনবীয়্ ননাওগী থুদোল।
কুমজা কুমজা থুদিংগী
মথং মথং কচ্চগে
ননাওগী মঙ্গল পিবীয়্।

—অইবা
কারতিক মাইবা

# লাইরিক মমিং
## চৈথুলঙ থিবা (কবিতা চবুল)

অইবা

মাইবম কারতিক (কার্তিক মাইবা)

তেম্থা, বিঃ পিঃ ওঃ তেম্থা।



লাইরিক ফোংব ঃ

P. P. STORE, JIRIBAM, MANIPUR.

অহানবা ফোংবা ঃ

মার্চ ১৯৭১ ইং, কপি ৫০০

মমল—লুপা।

নমথম ঃ—পেরেডাইজ পব্লিশিং হাউস।

পাওনা রোড, ইম্ফাল।

শ্রীথোকচোম ফলেন্দ্র সিংহ
সাহিত্য রত্ন, সমাজসেবোক,
গোল্ড মেডালিষ্ট
সগোলবন্দ, মৈনো লৈরক।

## য়ারোল অমতং

ঐহাক্না পুক্নিং চঙনা "লৈথল খরা" হায়বা শৈরেং মচা মচা পুনশিনবা লাইরিক অসি পাজরে।

মণিপুরী সাহিত্যগী সমাজদা লৈরিবা লৈখল লৈথেলশিং অসিগী মরক্তা থোইদোকনা লৈচন চাবা অমা ওইদ্রবসু ইনখংলক্লিবা অশেবা শ্রীকারত্তিক সিংহগী কলম খরা অসিদা অনৌবা মঙাল অমা অফোঙবা জগৎতা পুরক্লবা হোৎনরি হায়বসি হায়মনবা ওইনা থোকত্রে; শোইদনমক অশৈবা মশামক তুংগী য়ুম্বী অমা ওইরকপা য়াবগী ময়েক লারবা খুদম উংলি।

ফলেন্দ্র সিংহ
১৫।৩।৭১

# ৱাহৌ ওইনা খরদং

মণিপুরী শৈরেংগী লৈকোলদা হান্নগী খোঙথাং পুদুনা চঙলকপা কবিশিংগী মনুংদা কারত্তিক মাইবম্ অমনি। নাক য়েত্তা পাক্তক্না শন্দোকখ্রিবা মহৌশা লাইরেম্বীগী নীংথিবনা কবিবু শুপ্কংখি অমদি শৈরেংগী থৌইনশিন পীখি। নৌরিবা কলম ওইবনা ফোঙদোকপদা য়াংলপ থোক্লি— মপাম্বোংগীদা ওইনা তৌরি। অদুমকপু, মতমগী নাক-য়েংনা য়ৈরবা থম্মোয়গী চৈনা অমদি মচেক্তা য়ৈরগা ময়াদা ফাওবগী মঙাল উই; অনৌবা লৈচল ওইরকপা য়াই। খজিক্তনা য়াম্না ফোঙদোকপগী খুৎই লৈতবদি নত্তে, য়াম্না হায়রগা খজিক্তমক লাম্বোকপগী মতাং য়াওখিবা ওইনা তৌই।

অশেংবা থম্মোয়গী পাউনিংখোল থম্মোয়দা য়ৌবা মহৌশানি অশেংবা পুকচেল নোংমা নত্রগা নোংমদি খঙনরক্কনি— ঙনবা থেংবগী রাতনি। ঙসিগী মমলদি হয়েংনা লেপ্পনি। কবিগী শৈদমখোলনা নাকোং খুদিংদা য়ৌবা অমদি থমোয় খুদিংদা ফাওবা অসিমক ইমাগী অপাম্বনি।

এলাংবম দীনমনি সিংহ
এমঃ এঃ হিন্দি শিক্ষন পারঙ্গত
লেকচরর, ডিঃ এমঃ কোলেজ।

তাং ২০। ৩। ৭১ ইং

# য়াহৌদোক

মৈতৈ সাহিত্য লৈকোলদা লৈথল লৈচু শুনা লৈরবা লৈয়াং পরেং কয়া কয়া লেংদুনা ইমা মাগী শুকসমদা হুকনরি। লৈয়াংগী জাৎ শুনা তিনলে, অঙাংবা, অঙোবা, অমুবা, অলংবা অদুদগী হেন্দোক্তুনা লৈয়াংগী লৈনা ফাওবনা লৈয়াং পরেং লেংনরী, অসিগুম্বা মৈতৈ সাহিত্য পুক্কৈদা ঐহাক্কীসু মতেং অমতং হাপচিঙ্গরী, পংলবা ঐহাক্না লৈয়াং অমা মপুংফানা পরেং লেংজদুনা ইমাগী শুকসমদা হুকচবা ঙমজদে, লৈয়াং পরেং ফাবা ঙমজদে, হেকচিনলুরবা লৈয়াংবু হুন্দোকপা পাম্মুজবনা পরেংমক ফাদ্রবসুময়ক্তা লৈথল মতেক অমা ওইনা হাপচবনি, কনাগুম্বা লৈয়াংবীনা লৈনানসু লৈথল ওইনা হাপলবসু পরেংগী মগুণ হেনগৎপগুম লৈনম য়াওদবা, লৈচু চাদ্রবা লৈথল থরসে ইমাগী শুকসমদা হুকচিনবিরবদি হোৎনজমনগী মহৈ য়ানজরে।

কারতিক মাইবা

তেন্থা

# লৈখল খরা

য়াওফম তাকপা—

# মণিপুর

চীংনা কোয়না পনসাবা
চীংমীনা কোয়না পনঙাকপা
তম্মীনা তমদা ফিঙৌ-ফৌ
লৈথল-লৈথেল অহেনবী
কোলোয় মিংলেন নিংথিবী
মণিপুর কৌবী ইমা ও !

অমক মায়থোং পুরবী
তুফক-তুফাই চেল্লবী
লমচৎ কারন থাংলবী
মিনোক-তুহৎ নাইরবী
হায়য় করম কোক্কবা
মণিপুরী কৌবী ইমা ও !

কারাম চাউবা কনানা
মীওৎ-মীনৈ শারিবা
থৌশিন থোরাং ওইরিবা
পাঙ্গল লৈবস্থ শক্লিবা
তাকপিয়ু মহাক্তো অরোৎপা
মণিপুর কৌবী ইমা ও !

নপারি নমোম চাওরক্লে
সামা পাঙ্গল ফারক্লে
যেক্ক লম্বা পারগে
বুদ্ধি-লৌশিং য়েংনরগে
থৌনা অদু হাপ্পিরো
মণিপুর কৌবী ইমা ও !

তম্বীরম্নগে মখোয় মখোয়দা খঙহন্নম্নগে মহাক'হাক্তুদা
চেল্লি ঐখোয়দা ঈ ছল্লি মিহুন্দা লৎতনা
থৌনা কবা মৈতৈগী
মণিপুর কৌবী ইমা ও !

উংকনি ইতিহাসকী লানক্নমদা য়েক্নবা লানঙম মৈতৈদো
খিনগনি নোংহৌননা মালেমদা তোমখিন ঙানবীনি য়াইতোংবা
কল্লক চাউবশিং-ময়ামদা
মণিপুর কৌবী ইমা ও !

অরোংবা শক্লোন থাদোক্লবা অনৌবা য়াওন পুরক্লবা
লেম্না মাংফদ্রবা নয়াথং লৱায় কোইরেন'থক্তা থোংজবা
মপু মহাক্নম্থ চানবিসন্নু
মণিপুর কৌবী ইমা ও !

---

# লায়রবা

করি তোগদোবা-ইথৌসে
য়েংঙু'খুদিং অরাংপদা
করম লেনসিগে পুক্নি'সে ॥
লৌ উসি কদায়নো
হিঙ্গোল কোইশি করম্নো

লৌমু-করিসু লৈজদে ॥
কনাদগী করিবু লৌরুসিবা
কনানবু করিবু পীনিংগবা
লায়রা ঐগী ব্রাখলনে ॥
অওইবসু—অচুম্বসু ওইনিদো
মীওই কৌ'গী মপুকথোক্তো
লায়রবদা লায়জংবা মহৌশাগীনে ॥
চাকরী অমা তৌরগা
থবক পান্নি মহান্নবা
ব্রানোম শেনদি লৈহৌদে ॥
কনানসু ইব্রা তাবিরোই
পাঙ্গল লৌশিং শোনহল্লি
লায়রবা মাগী চাকথুংসে ॥
ফনা লুরি তৌ'সে
শেলগী যুগনগা ওইবনে
ব্রানা লেনদৌরিনে পুন্সিসে ॥

---

# ঐদি মৈতৈ বাব্রুনি

সড়ক লমজাও থোকপদা
কেনা-নৌনা থোক্কনি,
ঐগী য়ুমদা লৈজবা
কনাদসু খঙহল্লোই,

**লৈখল থরা**

বিজা ত কয়া কয়ানা
মীভোন্দগী হা-হা নিগনি,
অতুগা য়ুম পূরা
ঐদি মতু তোঞ্জরোই ॥

চৎথোক-কোইথোকপা মতমদা
ফুরিৎ-খোংগ্রাও নানগনি,
বাবু অচৌবনি হায়হন্নবা
য়ুমগী লৈত 'য়েংলুরোই ॥

মীমাং-মীরক থোকপদা
চমোৎ-চমোৎ চৎলুনি,
লৈত-লাইর অত্তাক-অফোংনখিব
মীনা ঐবু উশিৎখিরোই ॥

মথোয়না কোইনি নিরগা
থনবরা ঐস্থ নিগনি,
হৈনবিনি মথোয়গী মশিঞ্জং
ঐগীদি ইশিঞ্জং নত্তেদো।

মৈতৈ রাখলগী পরিংদা
মীনা খঙদবা মালহন্নি,
কেৎন-থোনা হায়হন্নবা
ঐদি মৈতৈ বাবুনি ॥

# লৌউবা

মাংদা যনজাও হোইদুনা
খুত্তা শাজৈ পায়দুনা
আর তিতি লাউদুনা
লবুক লমহাং তল্লিবা
থৌনা ফবা য়াম্বসে;
কদৌননি হকচাং শাজেন্না
করিস্ত্র লৈতে অনোপ্পা
হৌদোক্ত নাইদ য়াহৌবা
য়াহৌ ঙনবা পাঙ্গনবা
চাবা থকপা তুমগনবা
ননিং তৌনা চাজবা
ননিং তৌনা লেনজবা
কুম্বী ক্যাসেন থাইদবা
শিন্থা য়ানা শুবদা
খোঙ্গাই শিংনা চারিবা

মৈথল থম্বা

ফৌকোৎ থম্না হাপ্লিবসে;
পাঙ্গল মশক খঙনবা
নোমজ মহৈ উরবা
মশিন খঙবা অকনবা
সনা লুপা মীহোৎদেদো;
ফৌ ঙইবী পলেম লাইরেম্বী
চেংনা কন্না নিংজবনি ॥

---

## য়েম্বা লাবা

ইনুং শোরা কৈদ্রি-দৈঙে
ক্বাক্বা লাম্বাও শীন্দ্রিদৈঙে,
কোরৌ হনবসু য়ৌরক্ত্রিদৈঙে
তাইবং-তুমথুল হুল্লিদৈঙে,
নোংঙান'পান্দম শাম্মীদৈঙে
থাজ মশেক শমখিদ্রিদৈঙে;
নমু তাইবং মিকপ্নবা
শিল্লম শিন্থা পাংনবা
য়াকায়রোন শৈশক শক্লিবা
য়েনবা লাবা নহাকনি
কাওনা য়েনদি ফৈজাওবা

মরিংগী য়েনদি খোংনেম্বা
পুংশিং কায়দ খোংলিবা
লৈতবগীনু ঘড়ী ওইনবা;
মরেপ-অখম্নদ কাওনবা
কাওন' শিঞ্জং ওইরবা
ফুগায়ন' ঈহি শায়বা
নপুম থিৎনা চোকথরবা
পুংশিং শেম্না খোংবদি
মপু মাগী খুৎশেমনি
খল্লিদো তাইবংনা অমুম্ন
তাইবং শিন্থা পাংনবনি ॥

---

## হুরানবা

মীওইনা পোকপা পুন্সিদা
হুরান' তমদা হায়বসে
হুরান তম্বা মীওইবা
তুংদা মীদি ওইনবনি ॥
মীনা হুরানবনি হায়নবা
মাগী মীপোং লৌরুবা
অরোন-অথুপ নাইরুবা

অৱাক্রম তাগনি কাওকদে ॥
ঙমগদবা অনৌবা হুরানবা
মীগী মীনোক চংদবা
অনঙ'-লাংদা থুদবা
নশাগী নরল হুরানবনিদো ॥
ছাত্র-ছাত্রী পুন্সিদা
লাইরিক পাবা মতমদা
থৌরম-শিনদম পাংবদা
মিংকুপ খরা কোলহৌবা॥
খর-খর হুখিবা
মিংকুপ কয়া হৌগ্রবা
সুমিং কয়া ওইগ্রবা
মতমগী মপুং ফানিদো ॥
অসুম্নদি—
লেল্লক পুন্সি ওইরকপা
সমাজনা নংবু খঙলবা
মীথোই মীহেন ওইরবনি ॥

---

# অঙাং

করি খল্লি নহাক্না
চাবা থকপা খন্দনা
নুমিৎ চুপ্পা শাম্নবা।
করিবুস্থ খল্লুদা
হরাও তয়াম নৈরিবা;
মীনা লক্নবা উরগা
নংনা থোইনা হরাওবা;
খোম্লাং খজিক য়োৎলগা
নুমিৎ চুপ্প লেল্লিবা,
চাগে-থক্কে হায়দ্রিবা
শান্ন' মপুং ওইরিবা;
অউ পোৎপু পায়নিংবা
শোক্নি পনগনি খন্দবা।
মৈ উরে পায়নিংবা
তিংখং উরে শোকনিংবা

লৈবাক কংলে হুকনিংবা
পনগনি হায়স্থ খন্দ্রিবা ;
মীনা নোকউ নোকইবা
মীনা কপউ কপইবা
রায় কৌবদা হায়দ্রিবা ;
অঙাং নংগী নতৌসে,
নীংশিংগনি মীপুম তিং'
অঙাং নংগুম হৌরকপা
অঙাং নংগী পুন্সিবু ॥

---

## খুঙ্গংগী ছাত্র

অয়ুক য়েন্দা অঙনবদা হৌতুনা
যঙ্গাও পাবোৎ মাংদা থাহুনা
লবুক লৈতঙ্গায়দ থবক তমলুবে
মুংশা থবেৎ-থবেৎনহুনা কারক্লে ।
তরা-চাকপু চেল্লাক্লা চারুবে
হাথু হাথু তঙানা থুরেখৈ ॥
খোঙ্গাও মকক 'মা শেন্তুনা
তপি-তপি তথরুনা চেল্লক্তুনা
উচিন নাচিন স্কুলদদি থুংলরে,

## লৈবল খরা

মপান্দা ছাত্র কনা লৈরমদ্রে
মাগী মাগী কাদা চংনরমলে,
ঊচিন-নাচিন্না থৈদুনা লিংশিঞ্জরে।
ওঝানা পারা মশং লৌরম্বা
অখঙ-খঙদা হংদুনা তাকপিবা ;
নংবস্ত্ত মচিৎ খরা নংহৌরে
মমৈ-মকোক অমতা খঙহৌদ্রে,
মথা হঙবা নংদনা লোইখরে।
জ্ঞান অমতা লৌশিনবা ঙমহৌদ্রে
অসুন্না—
মথংগী অমুক পান্না তৌরকপদা
হকচাংসে অমোন পুমচল চনখরে,
ফান্দা কোক কোক থেংলুরে
নিদ্রা লাইরেম্মস্থ খুজি চেংশিন্নক্লে
ওঝানা তাকপা ব্রম চংখরে ॥
স্কুলগী চৎথবা পুংজা লোইরদুনা
হন্ন'ক্ল-হৈনিংদনা য়ুমদা তন্না,
সম্পোৎ খোইবা তোক্লবা হায়রুরে
পাক্তি মাস্থ তজ্ঞাননা য়ারক্লে
মচাগী পাওদম লৌখিবা হরাওরুরে
শিন্থা অমমুক শিন্নরক্লে ॥
হান্নগী শদৌ খোংবা কোক্লুনা
সুংশা স্বর খরদি হোল্লদ্র,

## লৈথল খরা

খন্ন-লাইরিক খোয়ঙংনা পারুরে।
তাল্লক-তাঙ্খা য়েংদনা হায়ররে
শঙ্গোনগী সন্থি তন্না শেংলথোনে
মতুম্ব তকথোক শেংদোকলুরে॥
হুনদক অমুক হঙ্গিদুনা চংলকপা
খরা অমুক চত্থনা পারকপা,
অতোপ্পা অনোবা য়াথং'মুক তাউথরক্লে
শজিক ককউ মীরোন লৈতে;
মখোয়গী পেন্না তৌদ্রগা মাংজবনে
নংনা করম নাশন তমগদৌরিবনো?
অশাউ মিচৈ অথি ব্রাহৈদা
ছাত্রগী ইরাখন্না শাউনিং শাউনিংনা
বাজিগী থোদা শিন্থা পাংখরে
কোরৌ নাৱন থান্না তমখ্রে॥
ব্রানা চোকপ্ৱবগী ওমথৈ নাইখিদরে
নিদ্রাগী লাচৈ কারন থারক্লে॥
অঙাং-নাৱা ওইরিৱৈ পুন্সিদা
মানা হায়নরম্বা অফবা ছাত্র
ফনা লাইরিক্ত চঙখোন্না হোরক্লে।
চহী মপুং ফারক্লবদা ওন্নররে
মাংলমচংকী ফরম্বা পুম্নমক মাংখ্রে
পানদম লৈরক্তবা থুঙ্গংগী ছাত্রনি॥

# ৱারী লিখুল

ভারতকী নোংপোক চিদাইদা
ইংনা শজিক্কুম ঙাল্লিবা
মনিপুর সনা লৈবাক'সে,
মৈতৈ জাতি লৈরিবা
পাণ্ডবগী য়াওন-য়াতাফম,
মচা মশু'মক্তনি ॥

লমদম'সিগী মিহৌরোন্দ' লৈরকপা
অরেপ-অথম নাইদনা
মৈরি-মৈখু কারিবা,
অস্রো লমদমদা লৈরিবা
মসিনা তমলি-মীয়ামদা
ঈ-রান লৈতবা মৈতৈনি ॥

মমোম লাংলেন থোইবীনা
লোং খোল্লম্বা লৌসিপাৎ,
মনাক নক্লা ইরেংবন

মতা' লম্নেনসিদা শারম্বা
য়োংখম মচু-তাবা
পামেন ওইনা হৌরিদো ॥

কুইর-কুইর হেনগৎপা
শৈদম্নকম ওইবা লনগেবা
ন্নারী-পুয়াগী থম্না

মৈতৈ ঐখোয়গী লৈরিবা
মসিনা লোইবা নৎত্রিদো,
ঐনা খঙবনা ন্নাৎলিদো ॥

---

# তেম্বা থুঙোং

য়েংবদা পূক্লিং হুরিবা
তুরেন মরি ফাংলিবা
চীংবৈ পাংবা নাকন্দা
ন্নাংজিং তুরেম্না চেল্লিবা,
হী-য়াই পুহনা
লৌ-মী তেংবাং পীনবা;
লৈঙোই মরিক কম্নানা
তোংখৎহল্লি অকুৎপা লৌফমদা,

চেস্থরী ইপাস্থাগী মতমদা
ছৌনা শাউম পীরক্লি ॥
নোংপোক পাংবা লমদা
লৌশি তুরেল চেল্লিবা,
য়েংউ য়েংউ' পেন্নাইদে
শীংথারুবগী লোইবা নাইদে;
মথংখনবা চিংখুবগী মমোম্না
থোইদা-থোইবী আথোইবী
তুমু রাকপগী মশাইকোন্দা
লোই থাদুনা লৈরিভৈদা,
পাংস্তা কুমতুনা লোংখোনবা
লৌশি কোলোইন্দুনা খঙৈদো ॥
কৌত্রু পাংবা মাইগৈদা
পীক্তক্বা চেল্লিবা তুরেন্না
অমুদোন নোংয়াই খম্বনা
ইকোপ পাংকী লময়াইদা
কাওরেন যণবু ফাখিবা
কাওনদ্রবা মক্ষম অসিদা
থেংজিন্নরি ইথাই অনিনা;
নোংচুপ পাংনা চেনগ্রিবা
খরুং পাংতি য়ৌগ্রিবা;
মিংকুপফমদি লৈতেদো ॥

## লৈখল থরা

ইরোং মরি লোংথ্রিবা
ইখাই মরি ফাংথ্রিবা
কোলোইনা থুঙ্গোং কৌরিবা
পাংতা চৎপা কাংবুনা
নৌরেন খুৎতা পায়দুনা
রাকয়ে হিদি তোংদুনা
লেমলৈ ঙামি থেম্বা
লায়র কোরুবা চৎলিবা,
উচেক লাংমৈদোং শঙ্গ্না
নোক্লা নোক্লা চৎকুম্মইদো ॥
থুনগী ইমা ইবেম্মা
ইনফম মচা শেমদুনা,
কোইনা লৈনা তৌদুনা
চোইনা লৈনা লেপ্তুনা
ইনগী জগোয় শারিবা
খোজৈ'দি থাবা মরাংলি;
মহৌশা কৌবী খুৎশেমদা
মীওই খুৎশেম থল্লবা
করিদা চাংদম পীদুনা
করি হায়না শৈশকনি ॥

# পুক্নিংঙ্রা

থল্লু থল্লু বদা ব্রাথরেদা
নিংশিংউদবন্থু ওমদেদা
লেংজরুবা লৈথল থরা
নৌনা লৈমন চল্লগবা
লাইর কোন্দা পোকউবনা
ফজ' লৈন্থু পামওমদে
লেংজরুবা লৈথল থরা
নৌনা লৈমন চল্লগবা
লাইর কোন্দা পোকউবনা
ফজ ' লৈন্থু হাপওমদে
লৈচল চাদনা হাপলূবা
অসিনা মরমন্থু ওইহৌনা
থুনা লৈমন চল্লদ্রা ॥
শুরা ঙাংথ লৈমনা
লৈরাং পরেং লেংলবা

ঋলৈখল খরা

খন্না খন্নু হাক্তক ফাও'
লৈরাং লৈপোপ কায়রমদা
মগুন মাংদনা লৈরমখিদো ॥
চাউবা কমল অনিনা
লৈরাং পরেং লেংলম্বা
লৈনম মাংদ্রি ঙসিক্কাও'
লৈপরেং থাইনগী লৈরাং;
ঙরাংতগী পোমজবা লৈরাংনা
লৈনম করম চেনগবা,
ব্রাখল পুক্লিংসিবু খল্লুইদা
থাংঙুথক্কী লৈখল খরা'সে ॥
লৈনম-লৈহি চেন্দ্রবা
চেনা শাবা লৈরাংগুম
ওইহৌরভ্র খল্লিদো লেপ্তনা,
ব্রারেদা অসিবু খল্লুবদা
শাংকায়রবা য়েরুমলৈ
য়েংবদা মশক লুজবা
লৈগী লৈনম ব্রাংলবা
মীচঙ শঙ্গন নাইবা
মহৌশা লাইরেম্বীগী থুংশেমদো
লুনা চান্না নীংলবা

লৈনা পরেং'সে মচাইবা
মালেম লৈমায় মথক্তা
খুঙ্গংপিনবা য়াওদনা মতোমদা
মাংখি-তাখিগদরা কল্লকচেদো ॥

## থম্বাল কোম

তেম্বা কোবগীদি মকমদা
কংলা চীংগী মথক্তা,
মনিং তৌনা পাল্লম্বা
তৌঙম্বদি তৌনিংবদা কাংবীনাও;
শুরুং থিংলে হায়রগা
লোক্তাক ঈশিং থেনগৎপা
লৈবাক-প্রজা ৱানহনবা
মাগী থৌশিল-থৌওংদুদা
মাইবী লাইকাওদগী খঙদুনা
মোইরেন ভম্বা অকনবা
মাবু হাৎকে লাকখিবা,
থোংজিন লেপ্লা লাউরবা
মিৎকুপ-নাহুম কায়দনা,
থোরক্রে কাংবীনাওসু অকনবা

চাইনা খোংজেন হাননবা
অঙম-অঙম তেম্মনবা
চাইনা পুংবু থোন্দুনা
চাইনা খোংজেন হানবদা,
লৌনম তৌদুনা কাংবী'না
মোইরেনঙম্বগী লুরেন্দো-চঙখোনবা
'সঙ্গাইদা তম্মা পুখিবা;
মসি থৌদোক তাবদা
সিখোংগী লারহাবা অথোবা
অশাউ খাম্বী মৈহৌদুনা
খুংজা খুংলাই পাক্কদুনা
য়েক্কবা লম্বা পাখরে ॥
লৌনম-লৌথাক খুংলাইশা
ঈশ্বরগী চৈরাক ফংদুনা
অনা-লাইকম্মরিঙৈ-কাংবীনাও
তাংজ লুরেন ককশ্রবা;
'প্যাঙসি তাবদা খোংতেকঙানা
তম্মা তান্নরকপদা কিরদুনা
শিবা তারে খন্দুনা
লারহাবদো লুপঞ্জে কোমহুংদা,
মাবু শংদুনা খোংতেকখা

থাবুম ফনা লৈরিঙৈদা
মপুরোয়বগী খোঙ্‌গুল লিদুনা
থম্মাল কৌবীসু লাকখিবা,
খোদোক-ৱাফম খঙনবা
মপুরোয়বগী হৈনা তুংইনখিদো,
'সিগী ৱারী লৌদুনা
থম্মাল চিংয়া কৌখিবা,
মফম 'সিদা—
সুপী চেনবা চিংবা
পুন্সি মরুপ শেম্মিন্নরুবদা
শেংনা-থায়না শোইদবা
খুদম অমা লেংদবা
ঙসি-হৌজিকসু লৈরিদো;
ৱাথোক অদুদগী লৌদুনা
থোনখিবা-খঙনখিবা কোম্বুনা
থম্মাল কোমদি হায়দুনা
মুংনাইবা লৈতনা কোলোইনরি ॥

# লমজেল

চেললু নহা ঙসিদি
চেনখৎলু মাংদা চেনখৎলু।
সেকেঙ অমা হায়বসি
অমুক তানবা ফংলোইকো।
মতম কৌবী মহাক্না
অস্থুম অস্থুম লৌশিনখি,
মীকুপ কয়া হৌখিবা
অমুক তানবা ফংলোইকো।
সাংনা চেল্লু
য়াংনা চেল্লু
নমান্নবা কয়ানা
পৃক্সী লমথুং য়োরগা
পজেং ফিরান পাইখিবা
মীতারুন্নুকো নহাক্না।
মাংগী খুনাম য়েংদুনা

নিংথিজনা চেনখৎলু
থোংফম অমা সোইখিবা
নানথুগনি কাওগন্নু
য়ারবদি অমুক্তং
লমথুংফমদি য়োৗরগা
ঙমজবী থাজনা চোংলগা
তাইবং সমাজগী মমাংদা
য়াংখৎনদি পাইরমউ ।
তাইবং মীয়াম খংহনলস্মু
তানখৎলমউ নহা-ও
খংহনলমউনে সমাজদা

---

## শিবা

মীওইবা ! তুম্না হায়'সি কব্বিনো
অসিবগা পাংথকনি !
করম্না ?
সংসারসে পুমম নমলে,
সংসার লৈরমলি হায়বা
পুম্নমক কাওথোকলুই ।
কনামত্তা নিংসিংদে

ঐনা তুমলমদাইগী মতমদা
অমুক্তং খংগে হোৎনরুই;
করম্না তুমবগে হায়বা ?
অমতসু ফংখিদে,
অসুম অসুম লেকথখি,
য়াখল হেক্তা কাউথোকই।
মানি শিবা হায়বা অসিসু
নোংমদি শিনি খংইনে
অরেপ্পা মতমদি নাইদে
ঐহাক শিগদৌরে হায়বদি
খংলমবসু য়াই।
ঐহাক শিরে হায়বদি
কনানসু খংলমলোই,
অরা অনা লৈরমলোই,
নুংঙাইবসু খংলমলোই
শিরবদি শিরে লোইরে
জগৎ লৈতে, মী লৈতে
ঐগী জগৎনি
ঐ লৈত্রবদি, ঐগী জগৎসু
লৈররোই।

# জগৎ

শুম চারে লৈখাং চারে
মতং মতং তৎলে,
ও! পামুইদা
মতম অমদা কয়াদা
চেংনা পুনগ্রবা
পুন্সিগী লেংঙরোই খল্লুবা,
তৎলে মাংলে ঙসিদি
ও! পামুইদা।

এ; মহানগী গারীদো
য়াংনা চেনখ্রেদা।
তানবা ফংদে কনামত্তনা,
কনখ্রেদা ইঙ্গিন্দো
গ্রাং গ্রাং ঙংনা থোখ্রে,
য়াঙনা চেনখ্রে
য়েংবা নংহৌদে
নিকখি পৃথি'
থক থক।

ও !....অমেরিকানা থাদা খুন্দাখ্রে,
মালং জহাজ তোংদুনা
ঙক্কা......?
অমুকস্তু রুসিয়ানা গাড়ি থৌখ্রে
মী য়াওদনা।
থাবু জয় তৌরে মীওইবনা,
হয়েংদি করি থোকলগবা,

---

# মীচং মীখাই

মাংদা শাংলি' লৈরাংসে
লৈকা ফন্না শাংকাইরে,
লৈনম য়েল্লে ঙসিদি
মালংবনা কোইপু-পু,
লৈকাই লান্না লৈনমদো।
পোমশাংনরিবা লৈরাংস্তু
হয়েংদি শোইদনা শাংকনি,
য়েনগনি লৈনম মহাকস্তু
ঙরাং শাংখিবা লৈরাংস্তু
ঙসি শাংপা লৈরাংস্তু
হয়েংগী শাংকদবা লৈরাংস্তু

লোইনা লৈনম চেনগনি।
মীচং মীখাই নাইজদে
অচান অরাই খাইজদে
লোংতুনা থক থমজদে
লৈজবা মখৈ থাদোকই।
লৈহি পাম্বা খোইমুনা
লৈহি-চুপ্পা লাক্লসু
লোত্তুনা থমখিদে লৈরাংনা
মনিং তৌনা চুপহনখি।
লৈহি চুপখি শাওখিদে,
চুপতে হায়'গী ব্বারৌদে
গুসি তাইবং ঐখোইদি
মিচং মীখাই নাইরিদো।
কনানা মিংচং থমলি
কনা অমনা লৈহৌদে
লাইরৈ নংই
ইনাক খুল্লি, নিংখৌ ওই
হে জগৎ সেম্বা মপুও!
পোকপা শিবা অমতনি।

# য়োংচাবী

হে মীওইবা! কদোমদা চৎকনি
কদাইদনো লমথুংফম,
অভিয়াদা পাইবা কেলঙ্গা
সুংশিংনা লুপ্সা মাইকৈদা
কোইপু পুডুনা চৎপগুম
চৎলি নংগী পুন্সিসু॥
চিংনরী ওসিদি য়োংচাবী
নংগী পুন্সিদা
নংদি য়োং'নে য়োং
ময়াইদা লৈবা য়োং
উরু-রু লৈবা য়োং
মাইকৈ খর নকপদা
চিংখিনি সোইদনা
খাম্বা অমুক ওমলোইকো
চিংনরী য়োংচাবী অনিনা
প্রকৃতিগী য়োংচাবী,

অমস্তুং খুংসেমগী।
চিংগ্রবদি নহাকপু,
প্রকৃতিগী য়োংচাবীনা
মগুন থাম্না লৈবনি,
চিংংবদা মহাক্না
তিন কিদে লাই কিদে,
পৃথিবীনা তংখাই ওইরম্লু
লম্বা তৌবা ওমগনি॥
মানি, খুংসেমগী য়োংচাবী
মগুন ঙাবা নংঙেদো,
ফি থাওদে নিংথমথাদা
ইংবা খঙদে,
নাখোঙ বং বং
মগুন হেননদে অনিসে
চপ মান্নে অনিসে
অনকপনা চিংখিনি,
চিংবু চিংগ্রবদি
অমা লৈ'বা কাউথোকই,॥
কৌরৌ নোংদোন থক্তুগী
লাওখিবগুম তৌখি,
থৌনা ফবা জরান
প্রকৃতিগী য়োংচাবী

লৈখল খরা

ইপা ইপু হাক্তক্তা
লেংদনা লৈরম্বনি,
নপত্রবস্থ মঙোন্দা
জব্রানগী পুন্সিদনি,
অহন মতম ওইরগা
মতোমতা পোপ কেনজনি,
খুংসেমগী য়োংচাবীনা
নহাকপু চিংত্রবদি
পুন্সিগী থাদোকপোইকো
জব্রান—————

---

## ওস্থাং-ওন্সিল

নোংচুপ্তা লৈবা লৈচিনদো
মিকুপ্তা খংমাং মাংখি,
কদাইদা লৈক্রে
এ ! নাংপোক্তা
নোং অমুক ওনখ্রে,
চুরকলে নোং ওইনা, ।।
ইমাই পেন্মা

মী হাৎপা ঘাবা নোংনি,
চাউ'গ্রদা নোংলিক্তো
য়ুম-কৈ থুদেকখ্রে
ভাওখ্রে ঈসিংদা লোইনা
সর্বনাস ! লোইরে ॥
ও ! ফুৎবোল
কাওব্রি বেকনা
অমস্তু অমুক কাউখ্রে,
চনগদোরে,
ও ! কাওথোকখ্রে ॥
অমদগী অমদা অমুক
অমদগী অমদা,
পল্লেপফম নাইদ্রে বলসে,
মকোক ঙাওরে
উরু-রু লৈরে ॥
ঐগীস্তু নঙোন্দা
নংগীস্তু মঙোন্দা
মাগীস্তু অমুক ঐঙোন্দা
লাইরবদা অমুক
ইনাক খুনবদা অমুক
বেঙ্কতা অমুক উরু-রু লৈরে ॥

## উমিত্তবা

সাইকল তোবা কেং ক্রেং
নকসা রাগা পেং পেং
মোতর সাইকল কিং ভিং
হবা গাড়ী পোং পোং ॥
রাক মকোন রাংনা
চাইনা সাই।
চবোই সেন্দা নেংনা
পিকনা সাই;
আপকপা নংনা কৈদোনি
চাথোক পিগে নকমহুম,
খ খে খেচুং
হা———
খে খে খেদ্রুং
হা ———
ইযুমানি, ইযুমনে
ঐগী যুমনে,

বাওক বাওগ্রুং বাওক
বাউং বাউং বাউং
বাওক বাওগ্রুং বাওক
লম্বা লৈতে।
সি সিগী বাংগ্রা
সি এমগীস্থু বাংগ্রা
ঐগীস্থু য়ুম
মীনে মী
জিব অমতনে।

---

## মিত্তাংবা

মমথরেদা লম্বীসে,
করিমতা উদরে,
শোইনা পুমম-ময়ে,
কদোমদা চৎকনি;
লম্বেলস্থু উদরে,
চৈশুস্থু য়াওদরে;
ঐদি চৎপা ঙমলরোই
করমনবু চৎকনি।

ও ! ঐদি ঙসিদা
ঐ নক্তবা অমা,
নোংমতন্নী নক্তবা
পুন্সিগী ওইনা মমলবা,
মখোইনা চৎলি লম্বীদা
মতম অস্নুক কুইবসি,।
করম্নবু চৎলিবা,
উবরনে নখোইবো।
খংবরা অমম অঙান
অহিং নুংখিল
চপ মান্নৈ মহাক্তো,
খেৎনবা করিস্নু লৈতে।
জগৎ সেন্সা মপুনা
খুংসমননা পুবরা
মঙান মশক তাকপরা
মতম অস্নুক কুইববু।

---

## নেসা অহুম

মীওইপোক্কী মপোক্তা
চিক্রী তিন অহুম্না
অমুক্তংবু চিকপ্রবা

## লৈখল খুন্না

লাইথুং পানগ্রবা মীত্নদি
চামথোকপস্থু কোকলোইকো
ইনথংলকপা মতমদা
ভোইনা লাকপা লাইনানি।
অহানবা নেসা
ইমান্নবা ময়ামস্থু
ইকোই কোইনা ফমলগা
ঐগীস্থু দাওখোং হাপলগা
য়েননরে চেদং চেরাং
নিংনরে ময়াম মাগী মাগী।
অনিবা পৈসা লোইনমক
পুথোক পুথোক থাদরে,
ফুরিংখাও পৈসা লোইনরে,
অয়েনবা চেন্থু য়েংনরে
ঐগী পৈসা মাংখরে
কোক চাওরে মথা শারে।
অনিশুবা নেসা
মীগী ইমুং চংদুনা
বাহৈ চাওনা ভাংদুনা
পুথোকলকউ হায়রেদো।
লিক্রীদগী অরংবী
পুথোক্তুনা থকলগা

## লৈখল খরা

ঝাঙ্গাও কয়া শাংতুনা
ফৈরেং তুরেং চৎলগা
মী কীদে লাই কীদে
পাঙ্গল য়াওদে।
অহুমশুবা নেসা
খুবাক মচা অসিনা
ফৌমুক্কম ওইরগা
নোইরী মেৎলি শুরী
ককলি, মতম অহুমলক
চিংলি মৈথুব্র অমুক্তং
ঙ্গা লাওনা কামথোকই।
ফৈরেং তুরেং চৎলকলে,
হকচাং পুম্বা মাংহনবা
কংদ্রগাম্ব থাংঙমদা
কনখরেদা নেসাসে,
থৌদাং চাওবাও
য়ারবদি থৈদোকউ,
চিক্তনবা নহাক্না
চিকপ্রবদি মহাকপু
লাইচুগনি, নেসাসে।

---

# নুপী

ঐ কনানো !
করিগী লৈরীবা, নুপীগী
মানি নুপীমীনি,
নুপীশু নুপাগী,
পা-পী অনিনি
ভুবন-থান য়াম্রবা,
অপং শেম্বা মপুনা
অনি পুন্না লেপনি ।
ওসিসু ঐহাক
য়েংনিংই উনিংই
চৎনিংই, মহাক্কী মনাক্তা,
নোংম উহোদবদা
তরানিগা মাগৈমেনে,
তারানি উদবা
লোইদাম কয়াগা মাগৈমেনে ।
ইতোমতনা থনবমা

নত্তে। মহাকস্তু ঐগুম্না
প্রকৃতিগী খুৎশেমনি,
সুপীসে সুপাগী
সুপাস্তু সুপীগী,
পা-পী থানরোই,
জগৎনা লৈম্নীমখৈ।

---

## হে পাঙ্গল

মীওইবগী মপোক্কা
তাংকক অহুম লৈবনি।
তাংকক অহুম অসিদা
মম্নাই থংবা তাংকক্লা
খ্বাইদগী কনবা মতমনি।
সংসারদা লৈম্নীবা
জীব খুদিংমক্কি,
পশেম ইমাগী গর্ভসুংদগী
ম্লাঙোন মংজিন তাবগা
হংঙা হংঙা লাওদুনা,
তাইবং চাকইন তমলকপা

ইমাগী তম্পাক্তা চাওরকপা
পাঙ্গল লৌশিং জ্ঞান
অমতন্থু লৈরক্তে।
লোইদাম কুইর-কুইরগা
অস্থম অস্থম কল্লকই
কনাবুম্থু কীরক্তে,
মতাং অসিব্রাইদা
তৌনিংবা থবক তৌহৌরো
মী অমা হায়বত্ত মতাং অসিব্রাইদনি
অহল মতম ওইখ্রগা
অমুক হন্না সোনথরকই,
অঙাংগী মতম অদুমক
অমুক হন্না ওইরকই।
রবরনা সাংনা তিংলুবা
থাদোকপগা অমুক হন্না
মহনকমদা হনজিনখি।
ব্রাতোম্না ব্রাংনা কাক্লবা
লৈমাইদা মরু লুকলকই,
পৃথিবী জীব কয়ানা
মালংদা কোইনা চৎলুবা
লৈমাইদা অমুক তারকই।

লৈশ্রম [illegible]

মতৌ অঙুম তৌদুনা
ঈশ্বরন থাম্বকপা ঐখোইদে
মখোইগী থোদা লাকপনি
ঐখোই' থৌদাং লোইরগা
মখোইদা অমুক হনগনি।